[illegible]

# থেংকৌরোল

# THENGKOUROL

সাফা লানফা

( [illegible] )

### কচ্চবা

*হিত উপদেশ লাইরিক্তা সঙ্গীতি পণ্ডিতশিংনা ইবিরমই ঃ*

*ইপানা সর্গনি ইপানা অথোইবা ধর্ম্মনি,*
*ইপানা লেংদবা অৱাংবা তোপনি*
*নপানা য়াবা মহাদি লাইমক্তা ইকায় খুমনৈ ইরি -*

*মতম শাংনা কাইনলক্তা নচাবু থম্বীরম্লবা ঐবু*
*পোকপিরম্ব: গুরুময়ুম সনাজাওবা শর্ম্মা ইপাগী খুয়াখাদা*
*তোল্লবা নচানা কচ্চরি, প্রেমগী তর্পন।*

জি. সনা শর্ম্মা

গুরুময়ুম সনা শর্ম্মা (কৈরাওসনা)
খাং টাগী সেনিয়ার গুরু,
জৱাহরলাল নেহরু দান্স একাদেমি, মণিপুর।

[illegible]

# থেংকৌরোল

# THENGKOUROL


গুরুময়ুম সনা শর্ম্মা (কৈরাওসনা)

থাং-টাগী সেনিয়ার গুরু,

জবাহরলাল নেহরু দান্স একাদেমি, মণিপুর।




**TRENG KOUROL**

*by Gurumayum Sana Sharma (Keiraosana)*

ফোংদোকপী : গুরুমযুম সন্ধ্যারানী দেবী
চিংঙামথক নামৈরাকপম লৈকায়, ইম্ফাল।

অহানবা থৃৎনম : জুন, ২০০৪ ইং

হন্না নমথোকপা : সেপ্টেম্বর, ২০০৮ ইং

কোপী মশীং : ৫০০ (চামঙা)



মমল : লুপা ১০০/



নম্ফম : লমযানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।



শ্রীগুরুময়ুম সনা শর্ম্মবু মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা কুম ২০০৫ দা মণিপুরগী থাং-টা অমসুং কলাগী মরমদা মহাক্না তৌখিবশিংবু শকখঙবীদুনা **কলা ভুষণ** উপাধি পীদুনা ইকাই-খুম্নখি। অদুদসু নৎতনা তোঙান-তোঙানবা এরার্দ কয়া ফংদুনা থাং-টা অমসুং কলা-সংস্কৃতিগী লমদা পুক্নি কখোকখি।

# ৱাহৌদোক খরা

নোংদা লাইরেল পাখংবগী চাদা নাওদা মৈদিংঙু নিংথৌরেলশিংনা লৈপাক ঙাকপদা থেংকৌরোলগী পোৎথোকশিং শিজিন্নদুনা লৈপাক ঙাক্রমই। লানফা ইরাৎ থৌনি লাইগা হকথেংনবা ঙম্বা থেংকৌনা মরুওই। থাং অমসুং টা হাইবা অসিদি পাখংবগী লাংওন ওইবনা নিংথৌনা ফম্বান তোংবদা থাংনা হান্না ফম্বান কাহল্লগা নিংথৌনা কোন্না পম্বান তোংই। গুরুশিংনা থম্বীরম্বা ৱাবি লাইবিক খরা থেংনজবদগী থেংকৌরোলগী মরোল খরা লাইরিক ওইনা ফোংজবনি।

খোংমন পেব্যা পণ্ডিত লৈকাই স্বর্গীয়া মোইবাংথেম চন্দ্রসিং পণ্ডিতনা পীবিরম্বা লাইগী ওইবা পুয়াগী ৱারি খুমলমন য়াইমা পণ্ডিত অচৌবা স্বর্গীয়া গুরু অসিনা থেংকৌরোলগী লাইরিক পুয়া পীবিরমই, ওইনাম ভোগেশ্বর পণ্ডিত য়াইমা হিজম ইবোবি মহারাজ বুধচন্দ্রগী মতম পণ্ডিত অতোম্বা পণ্ডিত অনি অসিনা মৈতৈ ময়েক্কগী বাঙ্গলা ময়েক্কা শিন্দোকপিদুনা থেংকৌরোল খরা অসি ফোংজবনি। মণিপুরগী ৱাংমদা লৈবা কয়ানা মণিপুর লেঙগোজয় খংবদা অৱাবা লৈবা কোক্লনবা ইংগ্রেজি মরোলসু য়াওনা ফোংজবনি।

জি. সনা শর্ম্মা

# য়াওফম তাকপা

## মৈতৈ লৈমা ইমাগী শকতম

চিংবু রোই তম্বুরোই লোইবি চিংদা হেন্বা খুঙ্গানা পুম্মু মু তমদা লৈরে হেন্বি খুঙ্গানা পুমণৌ ণৌ সনানা ময়ুংকাবা লম লুপানা মফেল ওইবা মনিনা ফিজিল চম্বা খাগা ব্রাংগা শাংবা নোংচুপ নোংপোক তেম্বা লম খৈনা য়াং কোক মওংগুম নোংপোক ভারত চিদায়দা চিক্লা ঙাম্বী ইমা অকম্বা পোকপি অথৌবা পোকপি পোইরে সনা লৈপাক মণিপুর হাইনবু খংনবী মৈতৈ লৈমা ইমা নংগী শকতম্মু লাংচরি তোল্লবা নচাগী থম্মোয় নুংদা।

## নিথৌশিং অকল অথৌশিংনা থেংকৌগী লাইরোল শানবগী মরম

| | | |
|---|---|---|
| খুরাই তুংগোন ব্রা | - | নিথৌনা মিয়াম পুম্নমকপু অকম্বাশিং মনাক্তগী থাপতোক্তুনা লেনবা |
| লাংলম লাংসোই ব্রা | - | য়েক্লবনা লান্দরকপাদা য়েক্লবাগী থৌওং খুদিং থমায়নবা |
| মিরং নারং ব্রা | - | করিগুম্বা মরুম অমদা লোংপদা ঙাইহাক্তং মাংবা ঙম্বা উদবা |
| মিরেন তোম্নাবা ব্রা | - | ঐথক্তুনা লৈবাদা ঐগুম্বা ১০ ওইনা উহম্বা |
| লম তুম্না বা | - | অশাংবা লম্বিদা য়াম্না থুনা য়ৌবা ঙম্বা |
| কিশি থাবা ব্রা | - | য়েক্লববু ফানবা লাইগোয়চন্দুনা কিশি থাবা |

# আতিয়াগুরু শিদবদু খুরুম্না ইজরক্কে

## (Origin of Thengkou)

## থেংকৌগী হৌরকফম ব্রারী–

পাখংবা মচাবু লৈপাক্কী নিংথৌ খুবম্ শিন্নরবদা লৈপাক্ ঙাকপদা চংদবা য়াদবা নিংথৌ অমনা খংদবা য়াদবা অফবা য়োকখংপা ফংতবা মাংহম্বা ইরাং থৌনি থৌওং শাফা লানফা কয়াদা চংদবা য়াদ্রবা পাইদবা য়াদ্রবা খুৎশু খুলাই মচং ওইবা তাকপিগে তম্বিগে হাইদুনা পাখংববু কৌরগা আতিয়াগুরু শিদবানা মহৈ পুন্নমক্ থেংনা থেংনা তম্বি হাইবগী থেংকৌ কৌখি।

### তাইবংপানবা মপুবু খুরুম্না ইজরক্কে

### (মমীং থোনখিবা থেংগৌ খরা)

গুরুনা লৈবাক শেম্বা লোইরবদা লাই পাখংবা ৩না লৈনেৎঙৈদা থোকখিবদি কাওনা অনীনা নেৎলে অকাও থেংগৌ কৌএ। চোংশিন অনী নেৎলে লৈফল থেংগৌ কৌখিএ। চোংথোক অনী নেৎপনা নোংফল থেংগৌ কৌখিএ। শিক্লা অনী চোংনা অনী নেৎপনা লৈনেৎ থেংগৌ কৌখিএ। তাইবংপান্বা মপুনা অকোনবদা লৈফল ৩ লক ফক্লে, লৈনিক ৭লক নিকএ, খোংথাং ৭লক থাংএ, লৈফল ৩লক ফক্লে, লৈনিক ৭লক নিকএ, অদুবু লৈখোম থেংগৌ কৌএ।

# শ্রীগুরুময়ুম সনা শর্ম্মগী জীবন চরিত্র মতেক অমত্তং



শ্রীসনা শর্ম্মা ইরিনবুং কৈরাও মুতুম লৈকাইদা পোকই। অপোকপা মপাবুংনা স্বর্গীয় সনাজাওবা শর্ম্মা কৌই; অপোকপীগী মিংনা স্বর্গীয়া ইবেমনী কৌই। অহল অনিনা পামজরম্বা বিদ্যাগী শিঙ্খাশিংদু পিক্লিবা মচাবু (সনা শর্ম্মাবু)মমা ইবেম্মনা ঈশৈ শকপিনী, পুঙ ঈশৈ, জগোইনচিংবা পামজবিনি। মপাবুং ইবুংঙোনা শ্রীযুৎ চুড়াচাঁদ মহারাজগা লোয়নজবদগী বিদ্যা কয়া অমগী খণ্ডহেবা গুরু অমা ওইরম্মী। মৈতৈ লৈপাক্কী মৈহৌরোল্দগী লৈরক্লবা বিদ্যাদি থাং-তানি হায়দুনা পিক্লিবা মচাবু (সনাবু) মণিপুরগী মরু-মরু ওইবা ওঝাশিংদা বোরিদুনা থাং-তাগী বিদ্যা তমহল্লি। ব্রাহ্মন মচা ওইবনিনা সংস্কৃত বিদ্যাসু খর হৈতবা য়াদে হায়দুনা সনাসু মতম খর সংস্কৃত ব্যাকরন, (সারিস্বতী) তমদুনা মধ্যমা পরিক্ষা পাশ তৌখি।

শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মচন ইবেম্মনা পোকপা, মোইরাংখোম চিংঙাখম লৈরক্কা লৈরম্বা স্বর্গীয় হাওবম পিতাম্বর মেঙ্গোরদা বোরিদুনা থাং তম্মকই। তম্বীরিবা ইযৌ অসিনা থাং-তাগী লাইহিরক্কা লোয়ননা খুৎশু-খুলাই খরসু পীবিরম্মী। সনানা চহি ৫ শুবদগী তরা শুবা ফাওবদি মপাবুং ইবুংঙোনা য়াম্না চোকশিন্না য়ুমদা থাং তম্বীরম্মি। চুড়াচাঁদ হাইস্কুলদা চহি ২০ হেন্না ষটজালগী ওজা ওইবিরম্বা থোকচোম লৈকাইদা লৈরম্বা স্বর্গীয় থোকচোম ইবোহল সিংহ (শম্ভু) গুরুদা ষটজাল তমজখি অদুগা বিদ্যা অসিগী মরুওইবা লাইহিরিক কয়ামসু পীবিরম্মি। শ্রীসনা শর্ম্মনা নিংথৌগী পানা পুরম্বা চিংঙাখম মেল্লৈ স্বর্গীয়াদগী থৌশারোল ৯ অমসু তমজহৌই।

শ্রীযুৎ চুড়াচাঁদ মহারাজগী ময়াম্বুং ইবুংঙো রাজা ভূম্ব্রসিংহগী পানা পুরম্বা ওঝা শ্রীলৌক্রাকপম মৈপাকতগী কুয়োম থাংচেপ কৌবা থাংলোন অদু তমজহৌখি। ময়াইদা ইথম্তা লৈবদা ময়াম্না কোইশিল্লকপদা পাবা য়াবা থাংলোন্নি। মমিংনা থাংচেপ কৌই।

মমা ইবেম্মনা পামজরম্বা পুং-ঈশৈ জগোইগী মরমদা থৌবালখোঙ লাইশ্রম লৈকায়দা লৈরম্বা স্বর্গীয় লাইশ্রম কান্নাজি ওঝাদা বোরিজদুনা রাস লীলা, গোষ্ঠ লীলা অমসুং গৌড় লীলা ওঝানা হৈহ্নবিদুনা মণিপুরগী মফম অয়াম্বদা শ্রীসনানা রাসধারী ওইজখি।শ্রীসনা শর্ম্মবু তম্বিরিবা ওঝাগী হৌরকফমদি শ্রীগোবিন্দগী রাস উঠাপন্দা য়াওবা লাইশ্রবা রাসানান্দগী মশূ শূথাংনি। মমাইবেম্মগী থৌজান্দগী রাসলীলা, গৌড়ালীলা শনশেনবনচিংবা তম্বীবনা শ্রীসনাগী মরু ওইবা মথৌশু ওইখি অদুগা দক্ষিনা চাওন-চাওনা ফংবসু য়াওখি হায়না ৱারী তৌবিখি।

খুদম ওইনা, অন্দ্রোদা মহারাজ বুধচন্দ্রগী মোহ্‌রনা ফারদুনা গৌরলীলা তম্বিবদা ফৌপোৎ নিফুগা লুপা লিশিং তরাগা দক্ষিনা তৌরকই হায়না ৱারী শাবিখি।

মথংদা স্বর্গীয় নাগমপাল কাংজাবি লৈরক মচিন্দা লৈবা, গৌড়লীলাদা ভারতি শাবা মনোহরসাইগী গীতশিরোমণি স্বর্গীয় ঙাঙোম ওঝা যুগিন্দ্র গুরুনা মনোহরসাই তম্বীদুনা মণিপুরগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবা কয়াদা ওঝাগী থৌজান্না শোঙ্গবা শকচবা ফংজখি।

খৃষ্টাব্দ ১৯৭৭তা শ্রীসনা শর্ম্মানা থৌবাল ওক্রমদা রাসলীলা তম্বীদুনা লৈরিঙৈদা স্বর্গীয় প্রোফেসার এলাংবম নীলকান্ত সিংহগা সনাগী মনাওনিপা গৌরকেশ্বর শর্ম্মাগন কৌরদুনা নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামা, নই দিল্লীদা থাংগী ওঝা ওইনা লৈরুই। চহি অদুমক্তদা জাপানগী কবুকি

ড্রামা পার্টিনা থা মরি ওঝা ওইয়ু হায়দুনা শ্রীসনা শর্ম্মা জাপান্দা চৎলুই। লাইবক থীবদি শ্রীসনানা ইংরেজি খণ্ডবদগী লোন ফাওনদদুনা নুমিৎ কুম্নিরোম লৈরগা জাপান্দগী হল্লকখি।

খৃষ্টাব্দ ১৯৭৮ দা সঙ্গীটনাটক একাদেমিগী চেয়ারমেন কপিলাবাদসায়না কৌরক্তুনা একাদেমিগী চাওখৎ- থৌরাংগীদমক অকাও থেংগৌ শারুই। (মতম অদুদা দান্স একাদেমিগী প্রিনসিপাল রাজকুমার প্রিয়গোপাল সনানা কলেজদা হাপ্লিবা থাংগী ওঝাদু থেংগৌ শাবা হৈতে হায়দুনা শ্রীসনাবু নেক্তুনা পুরগা নই দিল্লীগী রবীন্দ্র ভবন্দা শ্রীসনানা অকার্ড থেংগৌ শাদুনা য়াম্না ফজনা শো উৎখি হায়নৈ।

আসামদা গোল পারাগী মেলাদা থাংগী শো অমদা লফুদা খুৎকক অমুক্তদা লফুদি তুহন্দনা মতুপ ৩/৩ থোক্লা ককপদা কাশ্মিরদগী মেজর জেনেরেল অমনা সনানা নম্বর থাবা থাংশাং অমা শ্রীসনাদা মনা ওইনা পীরকখি।

মোইরাং থাংজিং লাই হরাওবদা থাংগী শো উৎপদা শ্রীসনানা মিৎ পুনশিন্দুনা লৈরিঙৈদা মাইকৈ মবিদগী নিপা মরিনা তা লংলকপদা তা মরিমক্তু ফাবদু উরগা, শ্রীযুৎ মহারাজ বোধচন্দ্রনা ফমফমদগী হৌগক্তুনা নিংথৌগী খুৎসু থাংগা লোয়ননা মনা-মথুম কয়া পীবিখি। মাদুদা য়াওরকপা, মৈতৈগী ফনেক-ময়েক নাইবনা তৃবা ফুরিৎ অমদি তুংগী মীরোলগীদমক শ্রী সনানা ষ্টেট আবকাইভতা থম্বিনবা পীশিনখ্রে।

ডি আই জি পান্দেরনা M.R. 1st Battalion গী কমান্দর ওইরিঙৈদা জৱানশিংবু ডিফেন্সগী বেয়োনেট ফাইটিং তম্বীনবা চহী অহুম ওজা ওইনা Battalion তা লৈহনখি। শোক ১৯৮৭ গী মণিপুরগী রিপব্লিক ডে সেলেব্রিশন্দা 1st Battalion গী গ্রুপ্পা মৈতৈ লাম্মিগী ফিজেৎ শেত্তুনা March past উৎপগীদমক মতমদুগী রাজ্যপাল

শ্রীজেনারেল কে. ভি. কে. কৃষ্ণরাও না লুপা ১০০০ মনা ওইনা পীবিখি। ১৯৮৯ দা ষ্টেৎকালা একাদমিগী এবাদ ফংখি ১৯৯২ দা শ্রীগোবিন্দ তেম্পল বোতনা থাংগী জয় পত্র এবাদ পিখি। হৌজিক হৌজিক নেহেরু দাল একাদমিদা থাংগী গুরু ওইদুনা লৈবি।



হাওবম ইবোতোম্বি
(মহাবজ বুধচন্দ্রগী নডমন্ত্রি)

## গুরু শিদবনা থেংকৌরোল্ ৯ পুথোকখিবগী মরম

শিদবা গুরুগী হক্চাং য়েং থংবদগী অশিবা সনামহিবু, ওইথংবদগী কোঞ্জিন্ তু থোক্পা পাখংববু পুথোকলে। আতিয়া শিদবনা মচা পাখংবদা খুৎলাই পুন্নমক্তগী মরু ওইবা থাং হাইবা খুৎলায় মৈরিদগী থোকপা খুৎলাই অসি পাইহন্দুনা থেংকৌরোন মথং মথং মথং-মনাও নাইনা তম্বিখিয়ে-

আতিয়া শিদবনা মচা সনা মহিদা লাই লাইকোনুংদা ফমলেন লুচিংবা ওইনা পিরগা লৈশেম্ থেংগৌ তম্বিখি অসিদা সনামহিনা মহৌ চিংগী চিংথক্তা কাদুনা টা পাইদুনা লৈসেম থেংকৌরোনবু শাখিয়ে-টাগী খোংলোম্বু চোংবা নিক্পা হাইবা তাঙকক্ নাইনা কায়াৎ ফিদুপ্ মফম্ য়েংদুনা অথুম্না লাইমিং লাইশোন য়াওনা নুমিৎ নুমিৎকী শাগদবা থেংগৌ শাখিম্বা টা খুৎপায় লাম্ছিম্বা খুৎপায় টাগী টারোম্বু তাক্পিখি।

## থেংকৌরোন্ শাবাদা খংদবা য়াদবা নুমিৎ

১। নোংমায়জিং নুমিৎতা লৈনো থেংগৌ শাগনি মায়ওন্দি চিংখৈ ওনগনি-লাইমিংদি মার্জিং খুরুমদুনা শাগনি ।

২। নিংথৌকাবা নুমিৎতা অশিং থেংগৌ শাগনি মায়ওন্দি আৱাং ওনগনি লাইমিংদি কৌব্রু খুরুমদুনা শাগনি ।

৩। লৈপাক্‌পোক নুমিৎতা লৈনিক্ থেংগৌ শাগনি মায়ওন্দি নোংচুপ ওনগনি লাইমিংদি কোঞ্জিন তুথোকপা খুরুমদুনা শাগনি-

৪। য়ুমশকৈশ নুমিৎতা অচায় থেংগৌ শাগনি লাইমিংদি ৱাংব্রেন খুরুমগনি-

৫। শগোনসেন নুমিৎতা অখোম্ থেংকৌ শাগনি মায়ওনদি মৈরম ওনগনি লাইমিংদি খল্লাংববু খুরুমগনি-

৬। ইরাই নুমিৎতা অখম থেংগৌ শাগনি মায়ওনদি নোংপোক্ ওন্‌গনি লাইমিংদি পামপোম ১০ পাম্বী লাইরেম্বী খুরুমগনি।

৭। থাংজ নুমিৎতা লাংকক্ থেংগৌ শাগনি মায়ওন্দি মইরাং লাইজি ওনগনি-লাইমিংদি থাংজিং খুরুমদুনা শাগনি ।অকাও থেংকৌ লৈফল থেংগৌ ৩ নোংফল্ থেংগৌ ৪ থেংগৌ ৪ অসিদ অয়াম্বা মতমদা শাবা য়াই চাকহোং হাহোংবা লৈপাক নুংঙাইবা থেংকৌনি-

## থেংকৌ শাবদা অফ-ফংতা অকোল আহান হাইগে

১। থেংগৌ অতৈ শাগ্রবা তুংদা অকাওবা থেংকোন্না লোইশিল্লবদি চাক হোং ঙা হোংয়ে-

২। নোংফন্ থেংগৌনা কোল্লবদি লৈপাক্ পুকচেন্ তিন্নদে খোইরাং খোয়শাওই নিংথৌ মপুক্ খৌইরাংই-

৩। লৈফল থেংগৌনা কোল্লবদি লৈপাক্ লানগী মখেলাংই

৫। লৈচায় থেংগৌনা কোল্লবদি লৈপাক্ মাং তাকয়ে নিংথৌ মফম শিল্লে।

৬। লৈনেং থেংগৌনা কোল্লবদি লৈপাক্ মবা তপ্ য়ে

৭। অখোম থেংগৌনা কোল্লবদি হাইনিংঙায় লৈতনা লৈপাক্কী ময়ুং মফেল মান্ননা নুংঙায়ে-মরম অসিনা লৈবনা রাজ ভাইগচন্দ্রনা থেংগৌদগী লৌদুনা বাসগী ভঙ্গি শেম্বদা অরোইবদা চক্রলৈবি ঘাৎ তাদুনা অখোম থেংগৌ খোংলোন্না লোইশিল্লি। সংগিত নাতক একাদমিগী চিয়ার মেন্ট কপিলা বসায়ন না কৌরক্তুনা চাওখৎ থৌরাংগী দমক জিংসনা শর্ম্ম ইসামক্লা অকাও থেংগৌ শারুবে লোইশম্বগী খুমুক থেংগৌদি শাখিদরে-থবকী মরমদা খরদি অহোবা শিন্দোক্ শিনজিন তোইনা নৈরবা য়াই-

## পাফল থেংকৌ ফিদুপ ইরাংফম অপাম অপান্বা নিফম লাইয়েক অসিদা তাকল্লি



অতৈ অতৈ থেংকৌ শারুরবসু হি : হি: হি : হাইনা হিরিকোলগা লাইমিংসি শোনগনি য়াইফৈ দোশ পুন্নমক কোকই ।

## পাফল থেংকৌ অকুপ্পা মরোল-

পাফল থেংগৌ হাইবা অসি গুরু শিদবগা লৈমরেল শিদবীগা অনিনা তরং মথক্তা লৈপাক্ শেম্বা লোইরে খল্লদুনা তিম্মু লাইমু ফংতবনা য়েখায় থিংগায়বা ওমদম্বা লাই ১৮ কৌদুনা ফাফন্ থেংগৌ অসিবু হৈহ্নখিএ।

## লাইশিং অদুগী মমিংদি-

১। লৈখোম তাওনে

২। লৈসা তাওনে

৩। নোংশা তাওনে

৪। তাক্ মরিবনে

৫। লোইবু লিংবনে

৬। নোংশুবনে

৭। মোংয়াই চারিক্ ওম্বনে

৮। হুমলেন্ নংয়াম পাম্বনে

৯। কোলিং চপ্পনে

১০। হাপ্ লেন্ তথবনে

১১। লহম্ খম্লিংবনে

১২। খোংচি ফাফন্ লাইচিংবনে

১৩। চাওরা মপাল্ থাবনে

১৪। তরং খোইনু চানে

১৫। পিশা তাওনে

১৬। লুঙ্গাইরেম্বনে

১৭। লোইনিক থবনে

১৮। ফুমদায় নেম্বনে

লোইনিক্থবা মরোন্দী অসিনে খংদবা হৈতবানা তৌবা য়দে মাং তাক্ই তাংজহম্বনা হাইরম্বা বানি অসিনা মখেরে ।

After creation of the earth Atiya Guru Sidaba and Ima Leimarel Sidabi called down 18 gods to display paphal thengou so that the evils could not give any harmful to the newly created earth.

The name of the Gods, who had performed paphal thengou were-

1. Lei Khomtao
2. Lei Satao
3. Nongsatao
4. Chakmanba
5. Laisutingba
6. Nongsulingba
7. Nonguyai Chank Onba
8. Humlen Nangyan Pamba
9. Koting Chappa
10. Haplen Chathaba
11. Lahan Khamlingba
12. Thongchi Phaphal Laichingbu
13. Chaora Mapol thaba
14. Tarang Khoinucha

15. Pishotao
16. Lei Hurenba
17. Loi Nikthaba and
18. Sumdai Lemba

## ফ্যা পাফল থেংকৌগী চন্নফম-

লৈপাক্ অমগী নিংথৌবু নিংথৌ অমনা ঙমগে হাইরবদি পাফল থেংগৌ শাগনি থেংকৌ অসি শাগদবা মি অদুদি তাংবল্ লোইচাবা খুবোম য়াইসি তাবা খুদাং য়াইজৌ লোম্বা ফিরাল লাল্ নংবা থেংপা মৈবুল্ হাইজাও থাম্বা অদুগুম্বা অথৌবা অদুনা পাফল্ থেংকৌ শাগনি ।

If a king wants to defeat another king paphal thengou is to be displayed. The man, who is to be displayed this thengou will be the person who had defeated another kingdom, Khubom Yaise thekpa, meibul haijao thanba .

তোঙান্ তোঙাম্বা থেংগৌ মখল্ কয়াসু লৈরি- পোইরৈ লৈশাং হম্বনা ইরম্বা শালায় ৭ কী থেংকৌগী কান্নফম-

মিগী খুৎ চনম্রবা নিংথৌ অমবু কনগে হাইরবদি অতান্ থেংগৌগী খোংজোংনা শাগনি লানফা ও লাক্ ফারবা মিনা লাইবা লাইরোল্ য়াওনা শাগনি ।

## ( খোংচৎ ফিদুপ্ )

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। চেকপ্ থেংগৌ | —— [illegible] —— | ১। | মংথোং থিংবদা হাংবদা |
| ২। লম্বাল থেংগৌ | —— [illegible] —— | ২। | শোরাং শোম্বদা |
| ৩। পমাং থেংগৌ | —— [illegible] —— | ৩। | ফংতা হাওদি তেজন হঞ্জদনবা |

৪। সুখম্ থেংগৌ —— —— ৪। য়েক্লবা নমথনবা

৫। পুক্লে থেংগৌ —— ☆ —— ৫। তাসন খোমজন্নবা

৬। লোইখোম থেংগৌ — —— ৬। য়েক্লববু লোই চন্বা
ঙমন্বা

৭। তাল থেন্ থেংগৌ — —— ৭। অরাপ্পদা লৈবু য়েক্লববু
লাল্লু চন্বা

৮। তেন্ পাক্ ৱাংবা —— —— ৮। মিশি চাদনা
চুকপা থেংগৌ শিখিবা লংখেন্দা
তেজল হঞ্জনদনবা

There are different types of thengous also. If a captured king want to save then "Atan" thengou is to be displayed along with mahamantras.

"Use of seven thengou for Seven Salais, wrote by Leisang Hanba"

1. Chekap thengou → → Mangthong thingba and hangba.
2. Lambal thengou → → Sradha Ceremony.
3. Pamang thengou → → Sothah lead things will not come back.
4. Sukham thengou → → To suppress the enemies.
5. Puklei thengou → ★ → To collect the good.
6. Loikhom thengou → → Can defeat enemies.
7. Tan then thengou → → For killing enemies at remote place.
8. Tenpak wangba Chuksha thengou → → Unnatural death at outside will not happen again.

## শালাই ৭ শুমদায়লগা থেংগৌ কান্নফম

১। মৈহৌ লেনকৌ - লৈপাক্কী কান্ননবা চাউখৎনবদা শাগনি

২। শাম্ শুতোংবা থেংগৌ - অকায় অতোই শমজন্নবা

৩। লৈতায় নোংদায় থেংগৌ - ইরাং হৌরকপা লৈপাক তাইসশন্নবা

৪। লৈহৌ থেনগৌ - লোইরাং খোইশাওরবা ব্রজা ফানবা

৫। লৈতাক থেংগৌ অখম - য়েক্লবগা মাংতাক্লবা

৬। শমনিক থেংগৌ - মহৈ মারাং চুন্নবা মারাই তাবা ফনবা

৭। চাওরিক থেংগৌ - ফংতা হাওদি চংলক্তনবা ফংতা মতম্বু য়েখোক য়েখোক্তুনা থম্বা

৮। লৈকক্ থেংগৌ - য়েক্লবনা থাকপা লাং কায়নবা

৯। নোংদায় পনিং পমাং থেংগৌ - নিংথৌশিংনা অঙম অথৌ মনাইনা চিংবা লাকশন্ননবা মংথোংবদসু সিজন্নবা য়াই।

## Lists of thengou for 7 Salais

1. Liehou thengou - For development and welfare of the country.
2. Lham sulongba - To mend broken things
3. Leitai Nongdai - To supress uprising of the public
4. Leihou thingou - To control the angry public.
5. Leitak thengou Akha - To happen evils to the enemy.
6. Lhamanik - For getting good crops.
7. Choorik thengou - To defend bad happenings by posponding.

| | | |
|---|---|---|
| 8. Laikak thengou | - | To remove the enemies entanglements. |
| 9. Nongdai paning | - | To control the courteirs pamang thengou by the king. Also can be used at mangthong thingba. |

## Sheild for 7 (seven) salais

| | | |
|---|---|---|
| 1. Mangang Salai | - | Shield made of two cross log. |
| 2. Angom Salai | - | Shield mark by moubi bamboo |
| 3. Khuman Salai | - | Shield made by wakthou and will lee lithang chung. |
| 4. Luwang Salai | - | Unam pheroi Cheng |
| 5. Moirang Salai | - | Toura Kakup Cheng |
| 6. Khaba Salai | - | Shield made by the leather of sandang |
| 7. Nganba Salai | - | Shield made by the leather of the cow. |

These shields should be used at the time of displaying thengou for the satisfaction of Pakhangba.

## শালাই ৭ কী মাগী মাগী লাইগী পাইগদবা চুংগী মওং মচাক শিংদি

মীতৈ নিংথৌদি মঙাং শালায়নি পাইগদবা চুংদি উবপুম কারম্না শাবা পাইগনি নিংথৌজা শালায়গা চুংনি। অঙোম শালায় অঙোম নিংথৌনা শাইগদবা চুংদি মৌবিনা শাবা পাইগনি-খুমন শালায় খুমন নিংথৌনা ৱাকথৌনা শাবা চুং পাইগনি-লিথাং চুংওইগনি-লুৱাং নিংথৌনা মোইরাং শালায়দি শজিং মওন্না ওইনা য়াই- মোইরাং নিংথৌদি তৌরেল কাকুপ চু পাইগনি- খাবা নিংথৌনা শন্দং মওন্না শাবা চুংপাইগনি ঙাম্বা শলায়গা নিংথৌদি ষন মউন্না শাবা চুংওইগনি অসুম্না মাগী মাগী শলাইগা

থেংনৌ শাবদা হাইরিবা চুংশিং অসি যৌনিজগনি- নিয়ম চুন্নবদি পাখংবনা পেন্নীবা সোইদ্রে লাইবু উনবা য়াবা মরমনি- মৈতৈ লৈপাক অসি পাখংবগী লৈপাকনি কৈদৌঙেদসু কাওরোইদবনি।

At the time of intercourse of Lainingthou and Lairenbi nine curves were attracted and was kept hidden. Such nine curves produced nine swords, which was handed over to their son Pakhangba.

## Name of the swords.

| | | |
|---|---|---|
| 1 Haikupling Phuranthang | - | Used at war field |
| 2. Thangkoklen Sangpumba | - | Used at Saichanba |
| 3 Mapa thang Kongeba | - | To cut weapons came upward. |
| 4. Latung Kupling thang | - | While cutting see the energy can kill the energy who reside at remote place. |
| 5. Sangmarup thang | - | Mei-Eshing, Nungshitagi litthok-nanthokpa thanglonmi. |
| 6 Ching Rang kingnaiba | - | Can dominate 7 salais. |
| 7. Langbum Sidaba | - | 70 defend from the enemies. |
| 8. Hoki chumbaba | - | To give peace and to lead a happy life between husband and wife in a family |
| 9 Phirai thang Kongiba | - | Enemies could not give troubles. |

## থাংলোন ৯ পোকখিবগী মরম

সিদবা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনীনা তিন্নঙৈদা তুথুপ ৯ থুপচনখিরে অদুদগী মথং মথং চিংথোক্লকপা অদুদগী থাংলোন ৯

থোকখি মরমদি লৈসেম্বা লোইহ্রবদা লৈঙাক লোনগীদমক্তা পুথোকখিবনি থাংলোনশিং অদুদি মচা পাখংবদা শিন্নখিরে।

## -থাংলোনশিং অদুগী মমিং-

১। হাইকুপলেং ফিরাইথাংকৌই লালফমদা সিজন্নবনি

২। থাংকোকলেন শংপুম্বা থাং- য়াইচম্বদা শিজন্নবনি

৩। মপা থাং কোংইবাথাং নোংথক্তাগী পোংককননবা থাং-নি বমজার মৈনা ককপাদা মেজর পৌননা শিজন্নে হাইনৈ।

৪। লুতুং কুপলেংথাং। শকচু উনদ্রবদা লাপ্পা মিরেন ককপা শংমরুপথাং

৫। মৈ ইশিং নুংশিংতগী লিথোক নানথোক্লবা থাংনোননি

৬। চিংবংকিনাইবা পথোকপা শালায় ৭ মক্তা লোইচম্বা ওম্বা থাংনি।

৭। লাংবুম শিদবা থাং - য়েক্লবশিংদগী ঙাকথোক্লনবা থাংনি।

৮। হোকিচুম্বাবা থাং- ইমুং মনুংদা নুপি নুপা লৈমিন্নবদা মরা চেংনবা নুংঙাইবা পিবা।

৯। ফিরাই থাং কোংইবা - য়েক্লবনা খুদোংথিবা পিবা ওমদবা হিকাপ য়াইকাপচংদনবা।

While Atiya guru sidaba created the earth Leithingai had broken the creation and could not be completed the creation. Thus guru sidaba had produced Nongthang Leima from his leftside body and Nongthang Leima taking two sword from the light began to stir the swords dance of Leikhong Koiba. Thus, pakhangba was charmed by her dance and during the interim period guru sidaba had completed the creation.

# নোংথাং লৈমগী মমিংদগী লৌদুনা থাংহাইনা খংনবা মরম

অতিয়াগুরু শিদবনা লৈসেন্নকপদা পাখংবা লৈথিনগায়না তংত্তনা লৈপাক থিনগায়দুনা লৈপাক শেন্থা লোইবা ঙমদ্রবদা গুরুগী ওইথংবা হুকচাংদগী নোংথাংলৈমবু পুথোকখি মৈরিদগী থাং ২ লৌদুনা নোংথাংমৈনা পাখঙবগী মমাংদা লৈখোং কোইরবা হাইবা থাংগী লৈতেং জগোয় শাহনখি মশক মতৌ ফজরবী নোংথাংলৈমগী জগোয় উবদা পাখংবনা যাম্না ঙকনা মমিং কুপ্তুনা জ্ঞান মাংনা য়েংখি পাখংবা কোঞ্জিন তুথোকপনা ঙকচানরিঙৈদা গুরুনা লৈসেন্থা লোইখি মরম অসিদগী মৈতৈ সনা লৈপাক্তা লৈবা যুমথোং খুদিংগী থাং হাইদুনা খংনরি।

With the order of Guru sidaba Tin sidaba had made soiding the earth restlessly and Kongin Thokpa tried to cut the soithing earth and thus the teeth of Kongin Tuthokpa became iron. The name of god, who produce iron was known as Chakaba. Chakaba born Arok Arai and Arok Arai born Ngaite Ngamba.

While Ngaite Ngamba was playing at the water he entered at the "Soraru" of Thongna Ningthou. Since then he was not allowed to accompany among the gods and Ngaite Ngamba died, and from his skeleton (the right rib) incarnated as kabakthong temsaba. The name of the sword was known as "haikupleng phirthithang".

# থাংগী লাংলোন পুয়াদগী খরদং য়োং পোকখিবা

গুরু শিদবগী য়াথং মতুংইন্না তিন শিদবনা লৈশৌ মপিগুম তত্তনা লৈপাক কৌদুনা লন্নকপদা পাখংবা কোঞ্জিন তুথোকপনা ময়ানা লৈপাক থিনগায়খিবা পাখংবগী ময়া অদুনা য়োং ওইখি য়োংকী

য়োংসৌবুং ওইরিবা খোইয়ুম লাইগী মমিংনা চাকাবা কৌই-চাকাবনা অরোক অরাই পোকই অরোক অরাইনা ঙাইতে ঙম্বা পোকই।

মাংলম চংতদি লৈবাক অমগা অমগা ঈশিংনা ইশম শম্লরকই ঙাইতে ঙম্বদি লাইজ ইপাল লাংদুনা শান্নবদা লাইনিংথৌ থোংনাং নিংথৌগী সারারুন্দা চংউরে লুদা চংবা লাইদি লাইরমলেন্দা তিল্বা য়াদবনা ঙাইতে ঙম্বা নোংমল্লে (শিরে) মহাক্কী শরু পোলাং অদুদগী য়েংথংবা লাকন্না কবাক থাং তে মশাবা ওইনা লাওনখিরে থাং অদুগী মমিং হাইকুপলেং ফিরাইথাং কৌখি খোইয়ুম লাই য়াম্না তান্নদুনা থাং অসিগী ময়াইদি লমকোইবা চংপদা অফা অপুন নংলবা লৈচিন নোংফাইনা কুপ্পুনা লম্বি লমুক্লরবা মতমদা হাইদোক্তুনা নোংথৌ লংহম্বা ঙমই হাইবগীদমক লাইয়ম্না হাইকুপ্লেং ফিরাই থাং কৌখিযে।

ঙাইত্তে ঙম্বগী ওইথংবা শরুনা ময়াইদা মমি লৈবা থাং শাং কবাক থাং ওইখিয়ে থাং অদুগা মমিংদি ময়াইদি অরাপ্পদা লৈখিবা য়েক্লবা মশক উদবদ মপা লাক্তুনা য়াই চম্বা ঙমই হাইদুনা মপাথাং কৌইবা কৌই-

মথং মথং লাইশিংনা তিন শিদবগী শাফেনা পুকক খাং লাংওনখি তেন্দোং থাং-কোইরেম্বা ঙাইতে ঙম্বগী অথুপ্পা থাং তোন্দুম্বা-ওইখিয়ে-থাং ১০৮ লাংনোন লাইরিক্তা হান্না ইজগ্রে।

The left rib of Ngaite Ngamba incarnated as Kabakthang. The sword can kill enemies resided at remote places.

His thigh incarnated as "Tendong thang Koiremba".

In the year, 498 while the two brothers Naothingkhong and naothingmang were digging Nambul river there was a big bird called Kakyen Mingamba at Phourengba hill, which is a maneater. The bird had swallowed Naothingmang and Naothingkhong by relating the occasion to his mother Leimarel Sidabi beged "Tenbi Yayoiba". Shooting by the arrow Naothingkhong had cut the two

wings of the bird- One wing had fallen at Sugnu Nongthong and another the adurnen of Kakyen Mingamba by Pukak thang Naothingman was saved and both the brothers brought Kakyen Mingamba. Kakyen Mingamba had seven colours and that spoted colour had covered upon the coffin while king and courtiers died. Still that custom prevailed by knowing as keiren keijao. By making image by fodder and meed every year his image is shot on 10th day of Mera, which is known as ukal kappa. At the time of king Garibaniwaj the performance was known as Ravan Kappa



## কাকয়েন মিঙম্বা কৈরেন কাইজাওগী ৱারি

নাওথিংখোং নাওথিমাং মচিন মানাও অনীনা ইরিন তুরেন নবুন তুবেন তৌবা মতমদা খৃষ্টগী ৮৬ তা কৌকংবা চিংদা কাকয়েন মিঙম্বা মি চাবা উচেক অচৌবা অমা লৈরমই উচেক অদুনা নাওথিংমাংবু ফাদুনা য়োংশ্রবদা নাওথিং খোংনা মমা লৈমরেন শিদবিদা পাও তমদুনা লৈমরেন শিদবিগী শমজিদগী তেম্বি য়াইয়োইবা অমা লৌদুনা কাপ্লগা মাশা ককতুনা

মাশা নামনা শুগনু নোংথোংদা তাপ্রে মশা নামনা থাংগ ইথিংদা তাপ্রে পুকক থাংনা মবুক লেনখাইদুনা নাওথিংমাং থোকলকুনা কাকয়েন মিওম্ববু মচিন মনাওনা লেংথৌনাদুনা পুরকই। কাকয়েন মিওম্বা মচু ৭ লাংঙি মদুগী মচু অরংবা অদু নিংথৌ অমসুং ফম্নাইবা শিংনা শিরগা কু মথক্তা শাদুনা হাপখি ঙসি ফাওবা কৈরেন কাইজাও হাইনা খংনরি (কায়েন কাইজাও হাইবনি) ফংতবা মাগী মুর্তি চরুনা লৈপাকনা শাদুনা চহি খুদিংগী মেরাগী ১০ নি পান্বদা উকায় কাপ্পা হাইদুনা কাপ্পরমই মতমনা অসুম মৈথরক্তুনা নিংথৌরোন খুদিংগা ৱাহৈ অসিসু হোংলকই গরবনিবাজ নিংথৌগী মতমদা রাবন কাপ্পা হাইনা খংনৈ মৈতৈগী অরিবা চংনরকপদি কাক কাপ্পা হাইনা চংনরকই। মনুংগী অর্থদি ফংতববু তান থোকপা হাইবনি।

At least the people of Manipur know it as Kwak Kappa. The meaning of which is to sweep bad and undesirable things.

## রাজঋষি উপাধি ফংখিবা নিংথৌশিং

১। সত্যযুক্তা - অম্বিরিস্ নিংথৌ

২। ত্রেতা যুক্তা সিতাবু পোকপি জনকনিংথৌ

৩। দ্বাপুর যুক্তা ভরত নিংথৌ

৪। কলিযুক্তা রাজঋষি ভাগ্যচন্দ্রনি।



রাজঋষি ভাগ্যচন্দ্র

## থেংকৌ ৭ তগী রাসগী ভঙ্গি সেমখিবগী মরম

খৃষ্টাব্দ ১৭৭৬ তা রাজঋষি ভাইগ্যচন্দ্রনা গোবিন্দজি: নিরুপন লোইরবদা জগোয় রাস কংকে খল্লকপদা মৈহৌরোল্দগী লৈরক্লবা হিয়াইগী মাসক থেংগৌবু করম্মা রাসদা য়াওবা য়াগদগে খন্দুনা তুম্বা চাবা চংদনা খন্দুনতা লৈরকই- মনার পণ্ডিত ৫ কৌদুনা ঋফম অসি খংহল্লি গোবিন্দগী থৌজালদগী মনাইগী নিংবা থুংননবা থেংগৌনা রাস লিলা য়াওননবা পণ্ডিত ৫ গী পুকনিংদা চংবিখি।

## পণ্ডিত ৫ গী মমিং

১। লাইহিরিকয়েংবম হঞ্জবা অমু লৈশং পণ্ডিত

২। ঋষি পণ্ডিত গোপিরাম

৩।  অঙোম চাওবা পণ্ডিত

৪।  লাইশ্রম রসানন্দ পণ্ডিত

৫।  তুলশি রাম শর্ম্মা

অনৌইরোন লাইবৌ খুৎথেকপু তুলশিরাম শর্ম্মানা শংঙ্কিতি মরোল্দা জাগায়ি-হৌজিক্তা জগোয় হাইনা খংনরে- হানদি। নোইবা লাইবৌ খুৎথেক হাইনরম্মি জগোয় হাইবা লোলসি লৈরমদে- 'অথাৎ' মাংদা তাবা লেংদনা লৈবা অমনা খংহৌদনা হেক্কচৎপা লেংবা অদুবু জাগয়ে কোই। অমু লৈশং পণ্ডিতনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী ২ গী পেন্নবা লাই নুপি নুপানা শাবা লাইবৌ খুৎথেকপু লাইরোনগী পুৱা য়েংদুনা পুথোকই- থেংগৌদগী লৌবা য়াবা খোংলোন খুৎনোন লাইরোন কাইদবা অঙোম চাওবা পণ্ডিতনা উৎলি লৈলম থেংগৌ অকাও থেংগৌ ২ লম্বাল থেংগৌ ৪ শুখম থেংগৌ তানথেন থেংগৌ ৬, ৭ শুবদা অখোম থেংগৌ ৭ অসি লৌখৎতুনা রাসগী ভঙ্গি সেমখি- শ্রীকৃষ্ণগী খোংলোন্দা লৈপুৎ লৈহোম খোংলোন-কৃষ্ণগী মালাওম্বদা পরিং লাংসং লৈতাই নোংদাই চংই গোপিগী খুৎথেক্তা পরেখুৎথেক চন্দ্রা ওকপি চন্দ্রা খাইবি লংশিংকাপি খুজেংলৈবী অখোম থেংগৌ খোংলোন্না কোন্দবা য়াদবনিনা চক্র লৈবী ঘৎতা লোইরবা চালিদা ভঙ্গি লোইশল্লি থেংগৌগী পোংথোক অসিবু ভঙ্গি হাইনা কৌখি লাইশ্রবা রাসানন্দ পণ্ডিতনা গোবিন্দ লিলামৃত পদকল্প তরু লাইরিক্তগী রস লৌদুনা তান পান্দুনা রস্ব শ্বনচার তৌখি। রাস কথখি।

রাজ ঋষি ভাগ্যচন্দ্রনা গোবিন্দগী কৃপালেরে খন্দুনা মনাই ৫ দা মৈবুল হাইজাও পজেং ফিরান নিংথৌগী হৌনবী মনা মথুম পিখি- অমু লৈশং পণ্ডিতপু ভগিরথ হাইনা মিং থোনখি মরমদি মুনিগী শাপুগী উৎ ওইহ্রবা শাগোর বংসবু ভগিরথনা সর্গদগী গঙ্গা পুথরক্তুনা শগোর বংসাবু অমুক হিংহনখিবগা মান্নরে হাইদুনা ভগিরথ হাইনা থোনখি।

অঙোম চাওবা পণ্ডিতবু গোপিগী ভাবতা অঙোম গোপি হাইনা কৌখি বম্বানন্দ পণ্ডিতপু রাসধারি হাইনা কৌখি- বাখৈ পণ্ডিতপু গোবিন্দগী যৌগন্দা মপুং ফাবা পণ্ডিত অচৌবা ওইহনখি।

## চেকশা নোংথোন চক্রপানিগা অঙোম চাওবগা খৎনবা

নোংমা অঙোম গোপিনা মৈবুল হাইজাও থাব্দুনা পজেংফিরান থেংতুনা দোলায় তোংদুনা ফমনাইবা মনায় খরগা সনা কোনুং কারকপদা লম্বিদা থংতুনা চেকশা চক্র পানিনা হাইরকই- অঙোম চাওবা নংনা দোলাই তোংদুনা ননাই নশন লোইননা সনা মাংদা লাকপদি শা কায়াবক লাল কয়া ফাদুনা পজেং ফিবাল থেংলিবনো নমায় ইকাইদবরা হাইদুনা চৈরকই- চেকশা চক্রপানিগী বাতাবদা গোপিনা ইশাও শাওদনা খুন্নকই : ঐদি লাল চংফা ফাদুনা পজেং ফিরাল থেংলিবনি লাকথা লাইমিং য়েনবুম হুইবোনচন্দুনা গোবিন্দগী যৌগল ফংলবনি নিংথৌগা সনা নাক্তা হংকংলুসি মখোই ২ খংনা খংননা নিংথৌগী সনা মাংদা লাক্তুনা হনকংলুবে অঙম্বাফমনাইবা শিংগা লোইননা বিচার তৌনরকপদা রাজঋষিনা লাওনা হাইবকই- গোপিদি শাশিং চামা লালচংফাদগী হেল্লবনি চেকশা নোংথোন নহাক শাওরগনু অসুম্না সনা য়াথংনা খাম্বিখি-

In the year, 1776 while king Bheigyachandra after finishing the creation of the idol of Shri Gobindaji thought restlessly as to how the valuable poses and steps of thengou could be applied at ras. He had consulted by calling five pandits and Shri Gobindaji sampathiti called and gave the thought to the five pandits. The name of those five pandits are 1. Amuleisang Pandit of Lairikyengbam Leikai, 2. Gopiram Pandit of Wangkhei 3. Angom Chaoba Pandit 4. Laishram Rashananda Pandit and 5. Tulsiram

Sharma. Anoiron, the laibou khuthek was produced by Tulsiram Sharma. Amuleisang Pandit had produced Laibou Khuthek. Angom Chaoba had applied the poses of Leisem Thengou, Akao Thengou, Lambal Thengou, Sukhani Thengou, Tan-then Thengou and Akhom Thengou to Ras Bhangi.

The Leiput-Leihom steps of Shri Krishna includes the steps of Paring Langsang and Leitai-Nongdai. Rasanda Pandit had applied the step poses of Akhom Thengou at Champra Okpi, Champra Khaibi, Khujeng Leibi and Lashing Kappi of Parei Khuthek. The production of thengou was known as Bhangi.

In satisfacton king Bheigyachandra had presented many presentations to the five pandits and Amuleisang pandit was given the title of Bagirath in the hope that his performance is similar to Bagirath as he saved his fore fathers by bringing down ganga from the heaven to earth. Angom Chaoba was given as Angom Gopi, Rashnanda as Rashdhari and Wangkhei Pandit was given promotion as pandit Achouba.

## "Quarelling between Cheksa Nongthol Chakrabati and Angom Chaoba".

Oneday when Angom Chaoba came to the palace by sitting upon the chariot using flag and also along some of his servants on the way. Cheksha chakrapani had chided that Chaoba what is your performance at war and how many beasts you had killed and don't you feel ashamed for using charoit with flag by acompanying your servants. Hearing it Chaoba at his normal mood replied I being succeeded all found to serve Shri Govindaji, what you can do to me, come and let as report to the king. Thus by quarrelling both of them came beside the king and when considered the matter along with the courtiers, the king declared that chaoba is more that of war performance and Nongthon you don't be angry with him. Thus, subsided the quarrelling.

## ভাগ্যচন্দ্র প্রনালিকা লাইরিক্তগী

ঔবা ওম্নবা মতুং অহাম্বা চজিংদা পুম্ত্রি অচৌবা তৌরম্নগা লংথাবান্দা চহী ১৬ লৈরম্নগা হোংকংলক্কুনা সনা কোনুং রাজভুবন হৌজি গোর্বর্ধনার লৈরীবা মফম অসিদা লৈরীঙৈদা মেজমগি পুম্ত্রি অচৌবা অসি তৌরম্মী। মফম অসিদা নিংথৌ ওইদুনা চহি ২০ লৈরম্নগা ব্যমান মচা লমহেম্বা অমা মনাইশিংনা ফুদুনা শিখিবদগী ব্রাহ্মোন হাংপা লৈপাক অসি থাদোক্লগে খন্দুনা মুর্সিদা বাংদা লাইনিংদুনা লৈরগা অরোইবা য়াহিপ তানগ্রগে খন্দুনা শ্রীগোবিন্দদা রাজ অভিষেক তৌদুনা নিংথৌ খুবম শিন্নরমগা সকন্দা ১৭০ ফাইরেনগী ২০নি পাম্বা ইরাই নুমিংতা গঙ্গাচংপা তৃর্থ কোইবা লেংখ্রে। মতমদুগী কনকাতাদা লৈরিবা ভাইসরোই সাহেপতা হাইরগা ভাইয়রোইনা মুর্সিদা বাংকী লমগী কলেক্টরদা ইদুনা ভাগ্যচন্দ্রগী লাইনিংফম শ্রীপাতক্ষেত্র মুর্সিদা বাদা পিখো হারকপদগী লমদুগী মপু কলেক্টর সাহেপনা রাজঋষিগী লাইনিংফম পিদুনা লৈখি মুর্সিদা বাংদা থা ৯ লৈরম্নগা রাজঋষি নোংগাখি মোফমদি নরোম ঠাকুরগী মোংফমদা সংস্কার তৌখি।

## "Pukak Thang"

The king had handed over Pukak Thang to Sanglingba. The sword cut the neck of any commited person. If commited, there is no sin when killing by pukak thang and that is why it was called as Pukakthang. It was made from the backbone of Ngaite Nganba. If man was killed by Sanglingba he used to pray at the southern side of his house along with fruits and betelnut on a leaf of plantation and candle. This is the form of Chuksha Thengou. It was followed from time immemorial.



## পুকক থাংগী ব্রারি

সংলিংবনা পাইবা ফম অসি মৈডিঙু নিংথৌশিংনা মনা মথুম পিদুনা লাইরোনগা মরি লৈননা পুকক থাং অসি পাইহল্লি- কনাগুম্বা মরান্না মতিক চানা লৈরবা মি অদু লফুং থাদুনা মঙক ককতুনা হাংলি- নুংগী ওইবা ব্রারিদি সংলিংবা অদুগী মরি মতা মচিন মনাও/ফাওবদা সিবগী দন্দি পিরবদি পুকক থাংনা ককপদা দোশ লৈত্রে হাইদুনা পুকক থাং কৌই- ঙাইতে ওম্বগী য়াংলেন শরুনা লাংওম্বা থাংনি- তৌবদদি সংলিংবা মি অদুনা মি ককলুরগা চংগদবা খুমুক্তি য়ুমগী ফমেনগী মখা থংবা শরুক্তা লেপ্তুনা লা লাওোন অমদা হৈরুক তাঙ্গ খোইরু থাওমৈ য়াওনা লাকথা লাইমিং য়েম্সুম হুইরোন চন্দুনা খুরুম্মে-চুকশা থেংঙৌ মওোংনি মৈহৌরোল্দগী চংনরকপা থৌরমনি-

During the reign of Khagemba in the year, 1512 all the tribes of the hills were dominated and were compelled them to pay tribute. Since tribute was paid for a considerable prolonged period the hill tribes were not satisfied and their leaders considered that

their population was more than the population of the plain; however they could not compare with them in war since their people were more efficient in the field of war and was considered to approach to Piyangku, the king of China for his help in war. Thus they requested king Piyangku to declare war against Khagemba, the king of Manipur.

## খাগি মি হিংচা লাই মনুবাক হাৎপগী ৱারি

কোনুংগী পণ্ডিত অচৌবা খুমলম্বম য়াইমদগী ফংবনি খৃষ্টাপ ১৫২ দা পানখিবা মৈডিঙ্গু খাগেম্বগী মতমদা চিং লোন ৯ চিংমি শিংবু লাকশন্দুনা লোই পোৎ কাহল্লমই- মতম শাংনা লোইপোৎ কারকপাদা চিংমি শিংনা পেন্নরকত্রদুনা চিংলোনগী চিংমি লুচিংবাশিং ময়াম তান্নদুনা খন্নরকই মিশিং য়াম্বসু চিংমিনা হেল্লি তম্পাক্কী লমদি মিশিংসু য়ামদে লালফমদদি ঐখোয়না পাবা ঙমদে মখোয়না হেল্লি-মখোয়গী নুপি ফাওবা পাবা ঙমদে লিশু তেনশু থাং টা নুপিশিংশু অদুক্কী মতিক হৈল্লে- খাগেম্বা নিংথৌ অসিসু লাইগী শক্তিচংবা নিংথৌনি মরম অদুনা খাগি লৈপাক্কী শক্তি লৈবা পিয়াঙ্কু নিংথৌদা লাল পাংবিয়ু হাইজরখি।

অসুম্না তান্নদুনা চিংলোন ৯ গী চিংমি লুচিংবা ১১ খনগৎতুনা খাগি নিংথৌ পিয়াঙ্কু নিংথৌদা চৎতুনা হাইজরকই হে নিংথৌ ঐখোয়গী মৈতৈ লৈপাক্তা পাল্লিবা খাগেম্বা নিংথৌ অসি লাল থেংনবিয়ু ঐখোয় লোইপোৎ কাবদা য়াম্না ৱায়ে নিংথৌ নংনা চিংমি অখোয়বু নুংশিবিয়ু।

In this, king Piyangku told them that king Khagemba has the quality of god. Morever he is an istimate friend and thus I will not be able to fight with him The eleven tribal baders requested repeatedly and restlessly to Piyangku for help when they combindly fight against the king Khagemba. In this Piyangku said, to Khagemba combind force could not do anything and he alone

can win the war. Even that the baders of the hill tribes requested repeatedly. Considering minutely king Piyangku told them that in token of their help he should send his maneater lai manubak and their the leaders were returned happily. First the maneater reached at Kakching and eaten of both mother and daughter of a family. The people of Kakching Reporting the news to the king, and as soon as get the news Khagemba came to Kakching on horseback.

পিয়াঙ্কু নিংথৌনা হাইরকই- মৈতৈনিংথৌ খাগেম্বদি লাইগী পাংখকনি। ঐনা লাল তৌবা ওমলোই। অদুগীসু মথক্তা ঐগী য়াম্না চান্নবা নক্কবা মরুপনি। চিংমি ১১ না হন্ন হন্না হাইজরকই, চাম্বীয়ু নিংথৌ চিংমি ময়ামগা পুনশল্লগ লাল তৌগে লাল পাংবিয়ু-। পিয়াঙ্কুনা হাইরকই খাগেম্বদি মিশিং য়াম্বনা কান্নরোই মথন্তনা য়েক্কবা ওম্বা নিংথৌনি-অসুম্না খাম্লবা ফাওবদা চিংমিশিংনা হন্না হন্না হাইজখি।

পিয়াঙ্কু নিংথৌনা মুন্না খল্লগা হাইরকই- নখোয়গী মতেং ওইনা ঐগীদা ঐনা থাক্কুনা থম্বা মিহিংচা লাই মনুবাক অসি থারকলগে নখোয় হললো হাইনা হাইখি নুংঙায়না চিংমিশিং অদু হনখি।

পিয়াঙ্কুনা থারকপা খাগী মিংহিংচা লাই মনুবাক অদু অহাম্বদা ককচিং খুলেন্দা থুংখি হেক থুংবদা নুপি মমা মচা ফাদুনা চাথোকখি। ককচিং মিয়াম্না চেনখংলক্কুনা খাগেম্বদা পাও পুম্নমক তমখি; পাওতাবদা খাগেম্বনা শাপোং লালপোং হাপকংতুনা শগোল লালশা তোংদুনা শাওনা হিংচাবা অদুগী মনাক কন্না থৌথরকখি-

Khagemba said to the maneater from where do you come and why without my advice you had eaten my innocent people. Tell me what is your desire. The maneater replied to king pease don't be angry to me I had taken them from hungry and let us fight between you and me and try to kill each other. Khagemba

replied, it is sure to fight between you and me but let us decide the time of fighting in consultation with my courtier and I will give your residing place, come with me. Thus, brought and let the manceater stay at Nagamapal. The maneater asked to give food a load of hang so that he may eat it when he is waiting for the time to fight. Kahagemba send Koiremba with the food. Koiremba was not returned back and when Khagemba enquired, he found the gaint was sleeping after eaten up the food as well as Koiremba.

হিংচাবা য়েংদুনা খাগেম্বনা হাইরকই করি লমদগী লাকপনো লৈফম তাকউ, নিংথৌপাম্বা লৈপক্তা নিংথৌ ঐগী বা হংদনা লাঞ্জব্রবা প্রজা হাংপা করিগী নংনা হিংচাবা ওইদুনা থকসি খাসি খংদ্রবসু ঐ লাকলে নহাক্কী অপাম্বা হাইয়ু হিংচাবনা খুন্নকই শাওনু নিংথৌ ঐ পুক লামনপ্রদুনা নংগী প্রজা চাররে- ঐখোয় ২ লাল তৌসি ঐনা ওন্নগা নংবু হাংকে নংনা ওন্নগা ঐবু হাংলু।

খাগেম্বনা হাইরকই নংগা ঐগা লাল তৌবা লেপথ্রবনি নং চংখিবা য়ারোই তৌবদবু ঐগী অওম অথৌ তান্নরগা লালগী মতম লেপ্পসি নংগী লৈফম পিগে চংসি হাইদুনা নাগমপালদা পুরক্নুনা হিংচাবা অদু থমই- হিংচা অদুনা হাই লালগী মতম ওাইবা ওইনা ঐগী চান্নবা চাক কাংপে াং অমা পুরকউ-হাইখি- চাক কাংপোং অমগা লোইননা মনায় পাঙ্গল কোইরেম্বা থাদুনা খাগেম্বনা থিলহনখি।

অহিং অমা মেলে মনাই কোইরেম্বা হল্লক্তবদা খাগোম্বনা চংতুনা য়েংল্লুবদা চাক্কাং অমগা কোন্ননা কোইরেম্বদা চাথোক্লগা হিংচাব;া অদু তুমদুনা লৈরমলে।

Then Khagebam thinking that it was not an ordinary giant came at Nungjeng of Kangla and was lamented Pakhangba to kindly save the people of Manipur that was created by him.

Pakhangba was merred and came out and gave him two weapons i.e. a spear and a sword and taught him that both can be lengthened or shortened after his willing. The spear is "Nongshu Naha Liheiba" (Khangshunaha). Throw the spear from a distant place and he will die. The name of the sword is "Khoubomba" and cut the neck of the giant by his sword. Every year workship these spear aid sword at 'Chungyanpham' of Thangjing. As you called out me untimely I am compelled to leave this, place. Saying this, he handed over both spear and sword and was shifted to Wangba Laiton.

খাগেম্বদি হিংচাবা অদু অচম্বা হিংচা নত্তে খুন্দুনা মথৱাই নুংঙাইতনা চেল্লক্তুনা কংলাগী নুংজ্রেংবি কারক্তা পাখংবা মবুথৌ কৌদুনা কপ্ল কপ্লদুনা হাইরকই ইবুধৌ নংনা শেম্বা সনা লৈপাক্কী মিয়াম্বু হিংচাবগী খায়াৎতগী কন্বীয়ু হাইদুনা তেংথারকপাদা পাখংবা খাংবা ঙমদদুনা চোংথোকরকই অসুম্না হাইরকই সে খুৎলায় ২ সি লৌ পাইয়ু নংগী ৱাখনগী মতুং ইন্না শাংহনগে তেলহনগে য়াবনি; টা অসি নোংশুনহা লিহৈবা হিংচাবদা থিল্লু মরাইনা শিজগনি থাং অসিনা খৌবোম্বা কৌবনি হিংচাবা অদুগী মঙক ককউ থাং টা ২অসি চহি খুদিংগী থাংজিংগী চুংয়ান থাং য়ান ফমদা ইরাংলু।

নংনা ঐবু মতম চাদনা কৌথোক্লবনিনা মফম অসি থাদোকপা তারে ঐ ৱাংবা লাই কোনুংদা লৈগ্রগে, টা নোশুনহা থাং খৌবোম্বা পিরম্লগা পাখংবা থুপগ্রে। খুৎলাই ২ অদু পাইদুনা খাগেম্বনা লাইমনুপকপু ইরাই লাইনা হাংখি/ চাক কাং অমা চাখিবা মফম অদুবু ঙসি ফাওবা কাংজাবি লৈরক হাইনা খংনরি। হিংচাবা অদুগী মকোক অককপা অদু টা মতোম্দা হাপ্লগা ললাও লাওখিবা মফম অদু ঙসি লোক্লাওবুং হাইনা খংনরি মতমদুদা শাখিবা খৌশারোল অদুবু খাগেম্বা থেংগৌ হাইনা ইদুনা লৈরি।

Khagemba killed with those two weapon Laimanupakpu very easily. The place where he ate rice is known as Kangjabi Leirak still. The cut head was brought by keeping upon the edge of the spear and the place, where Khagemba shouted lallao is known as Loklaobung.

The king who had efficiently used "Arambai"

In the year 1433 king Khomba had brought one thousand Kuki armies as captive with the help of arambai. They were kept in habitate and were appointed as courteir and armies, The wife of the king linthoingambi also expert in throwing "arambai" from the horse Next king narasingh is also one, who is expert in using arambai, During the reign of Chourjit and Marjit, after seven years war by holding the sword. "Bajra Singh" and throwing "arambai" from the horse, The chinese were turn out up to Ningthi From fearing "arambai" the chinese ran away by working upward, which is mentioned till date.

## অরাম্বাইগী মরমদা শিজনখিবা হৈশিংবা নিংথৌশিং

খৃষ্টাব্দ ১৪৩৩ দা মৈদিঙ্গু নিংথৌখোম্বনা লালফমদা আরাম্বাই শিজন্নদুনা খোংজায় লাম্নি লিশিং অমা ফাদুনা পুরকখি মখোয়বু নিংথিনা খুন্দা লৈতাহন্দুনা নিংথৌগী ফম্নাইবা অমসুং লাম্মিনা চিংবা ওইহনখি নিংথৌ অসিগী মহারানি লৈমরেবী লিনথোই ঙম্বি মৈতে চনু লক্তাগী শগোল তোংদুনা অরাম্বাই লংবদা য়াম্না হৈশিংবী চনু লক্তগী অথোয়বিনি।

মখাতারকপাদা আরাম্বায় সিজন্নবদা নরসিংহ মহারাজনি চৌরজিৎ মারজিৎকী মতমদা চহি তরেৎ খুন্তাকপ্রবদা বজ্র সিংহ থাংশাং পাইদুনা শগোল তোংদুনা আরাম্বায় লংদুনা অবাবু নিংথি য়াংমা লাম্না তানথোকখি অবান। অরাম্বায় কিবদগী নোংথক্তা য়েংদুনা চেম্বগী ঙসি ফাওবা মতৈনা পাওরৌদা অবা নোংথক য়েংবা হাইনা পাওরৌ তৌনরি।

অরাম্বাই মখল ৩ শুই খ্বোবোম অমা শাংবা খুদুপ অমা শাংবা খুদুপ ২ শাংবা খুবোম অমা শাংবদি খুবোম য়াইগী অকোইববদা থেৎতুনা পুনৈ খ্বাংগী অকোইববদসু পাইদা হাইবদি খাওদা হাপ্তুনা য়াম্না পুবা য়াই খুদুপ ২ শাংবা অরাম্বায়দি নগন্দা চামগী মথক্তা পুবা য়াই থেৎতুনা তেনদোং মওংদা শুদুনা হাপনৈ।

অরাম্বাই হাইবদি তেনজিন মওংদা মচিনহাপনৈ তেন মচিন মাম্বা অরাম্বায়দি নগন্দা থেৎনৈ-মথক্তা পঞ্চখিবা অরাম্বাই খুপোম অমা শাংবা খুদুপ অমা শাংবদি খ্বাংগী অকোইববা ৫০০গী মথক্তা থেংলি মরি পাম্বা পোৎনি অমুক্তদা ৩০০গী মথক্তা লংবায়াই মচিন্দা হু তৈবনি। লোং মচিন মাম্বা অরাম্বায়না খ্বাংদা পুগনি।

আরাম্বায়গী তেনখোকতা মরি খোইক শিংপা লংহিনা মরি পানগনি তেজিনগী খোকচংদা তেনা উচেক মতু অমোম্বনা চনগনি খুবাম অমা পাইদুনা লংবা মতমদা লং অদু অমগা অমগা য়েকশিন্নদনবা লংহিদু খোইরুনা শিংকনি-

There are three types of "arambai" One feet long, one and half feet long and three feet long at size. One feet long arambai was carried by keeping around the "Khubom Yai" and was also carried around the waist by keeping inside the leg. Thus it can be carried in various ways. The three feet length arambai can be carried at the back (more than one hundred). The edge of three feet size arambai was made in the form of arrow and the sizes of one feet and one and half feet can be carried more then five hundred and can be thrown more than three hundred at a time since it has string to hold and also used poison at the edge. There is a hole at the arrow stick and the string should be waved so that it could not be twisted each other.

In the year, 697 while king chareirongba came at Lairenpal purukshoubi using "Hiyang Hiren" by acompanying with some

"Pandits" Ibudhou Pakhangba wanted to moke the king and in front of the boat stood in a short distance glazing like sunlight on seing it the king angrily shouted as which god try to stand and take out an arrow and shot to pakhangba. On getting the hit of the arrow pakhangba was sank down and immediately the king suffered from fever and was returned to the palace along with the pandits and other courtiers. While trying to cure the pandits could not subside the pain of the king.

## মৈডিঙ্গু তুবি চরাইরোংবা নিংথৌগী ব্রারি খোংনাং হোগায়বী

খৃষ্টাপ ৬৯৭ তা পানখিবা নিংথৌ চরায়রোংবনা লাইরেন পাৎ পুরুক সৌবি লাইকোন্দা মনাই আকল অথৌ পণ্ডিত্তনা চিংবা ময়ামগা হিয়াং হিরেন তোংদুনা থমচেৎ চাবা লাকপদা পাৎয়াই অদুদা মবুথৌ পাখংবন্না চলায়রোংববু লংনগে হাইদুনা নুমিৎকুম্না পুমলং লংনা চিরোং চিরেন লুপা সনা তোপ্পা পাফলগী মায়খোং অদু থাংগৎতুনা হিগী মমাংদা ইরাপ লাপ্তুনা থৎতুনা লৈরে অদু উবদা নিংথৌনা শাওনা লাউদুনা করি লাইনো খাওউ হাইদুনা তে ন্দোংদগী তেন অমা শৎতুনা পাখংবগী পাফল মায়াইদা তেন্না থাদ্রে তেনগী চৈথা ফংবদা পাখংবা ইশিং মনুংদা লুপথখরে খুদক্তা চারাইরোংবা লাইহৌ তৌদুনা নাবা হৌরক্রে মৈচৌ পণ্ডিত অমসুং মনাই শিংগা লোইন্না সনা শঙ্গায়দা হল্লক্রে।

মৈচৌ পণ্ডিত শিংনা হোৎনবা পোরোক পোরক চাকপা মৈ অদু ইংবা ঙমদ্রে নিংথৌনা ঐবু দোলায়দা হাপ্তুনা পুরো লমতু হৈকোল লৈকোন য়েংলগা ইংব্রা য়েংগে হাইরবদ দোলায়দা হাপ্তুনা কোৎচৎ চলকপদা শগোনবন্দ তুরেন খোংবান্দা হৌরিবা খোংনাং মখোংদা ঙাহাক্তং পোংথা রিঙৈদ ব্রজ তারক্তুনা খোংনা অদু খাইবোক খাইখি বজ্রগী মৈসানা চরায়রোংবা ব্রানথখি।

The king asked for carrying him upon the chariot and see to get any relief while seeing the scenes of garden and other natural beauty. When comming so the king took rest for a while beneath the people tree near nambol river of sagolband a thunder was blasted and the people tree was broken into two pieces and the king also fainted by the reaction of the thunder.

## কৈ ফাবদা হুরোইগী ব্রারি

মামাংঙৈগী নিংথৌরেনশিংনা কৈ চম্বা ফাবা মতমদা হুইরোই পুদুনা চংলি হুইরোই হাইবসি কৈ শালায় ৭ কী ব্বারি কৈগী মপা মপুগী হৌরকফম খংবা কৈগী লিচং খংবা মিবু হুইরোই কৌই নিংথৌশিংনা কৈ ফাননবগীদমক মনা মথুম পিদুনা লৌচা পিদুনা থমই -

মী হাংলবা কৈবু ফানবা পাও লাকলিবা খুঙ্গংগী মীনা নিংথৌদা কৈবাও পিরি সনা মাঙদা মৈহুম মোরোক পুরক্নুা কংলি কৈ ফাবিয়ু হাইবা কৈবাওগী খুদমনি খংনৈ।

In ancient time while going to kill a tiger the king acompanied "Huiroi" who know the history of tigers for seven salies along with the originates of the tiger's forefathers and also his carries. The king kept him by giving his own paddy field and other rewards. If a tiger killed a man than the villages give the news to the king for killing the tiger.

The king by giving the news to all the public surrounded by fencing height, by 25', which could not be jumped by the tiger. Outside the fencing the king along with the heroes sit at a high place seing the residing place of the tiger. If the tiger hided the place was burnt along with straw and thetches and if the tiger could not be found out than the king sent "Huiroi" for finding out the tiger. Huiroi by tempting the tiger using the words as my brother

since you have failed to obey my advice that don't hurt to anybody now you are surrounded by all with weapons to all the directions and no way to escape and try to escape silently to that dissection, which to pointed you.

নিংথৌনা অথৌবা লাম্নিশিং পুদুনা কুম্লগা কৈ লৈরীবা মফম অদুগী অকোয়াইব্দা লালবন শাদুনা খাজলি কৈনা চোংখিবা ওমদনবা বাংনা বাংনা খাজনি লালবনগী মপান চুথেক্তা শাগায় বাংনা শাদুনা থাং তেন অ পাইদুনা নিংথৌগা লোইনবা অথৌবশিং কৈগী লৈফম লোংমফম কোইয়েং য়েংদুনা লৈ।

কৈনা থোক্লককত্রবদা কৈবন মনুংদা ই চরুশিং অকংবা হঞ্জন্দুনা মৈ কোকোক কোক্লা থাদোই-শা পুম্নমক্তগী শাথুপ হৈবা শানিনা থুগুনা লৈখিবদা কনা অমত্তনা উবা ফংদ্রে।

মতম অদুদা নিংথৌনা হুইরোই থাজন্দুনা কৈবু কৌথোকহল্লি- হুইরোইনা কৈবু কৌথোক্লগা হুরোইনা হাইরকই- ইয়াম্বগী ইবুঙো ইয়াম্বনা নংবু মীগী মপোৎ লাউনু হাইবা য়াদবদগী হৌজিক নংবু ফাগদবগী খুৎশু খুৎলায় পাইদুনা মায়কৈ পুম্নমক থৎতুনা লৈপ্রে মরম অদুনা ইয়াম্বানা খুদোম্বী থিল্লিবা লম্বি অদোমদা নং তুমিন্না থোকম্রো মফম অদুদা নংগী অচাপোৎসু ইয়াম্বনা থনমবনি অসুম্না হুইরোইনা কৈবু কৌথোক্লগা অথৌবশিংদা ফাহনলি হাইনবা লৈ অহল-লমনশিংনা হুইরোইনা মফম অসিদা লৈয়ু হাইবদা লৈগনু কৈগী মজিঙ্গাং ওইগনি হাইনৈ।

There I kept your food also. In this way he called out the tiger and the man able to caught or killed the tiger. There is a saying that don't stay at the place where Huiroi gives to stay and if stayed the man will be the pray of the tiger.

